# হরিলক্ষ্মী



শরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়

হলোকচথা

ঝষুমণি

কোওবী—
শ্রীমতি এল, সনাহনবী দেবী
ব্রহ্মপুর, নহাবম।

অহানবা থুংনম ১৯৮৮ ইং
কোপী মশীং ১০০০

মমল লুপা ১৫.০০




ফংফম—
দেবলা বুক স্টোর
মসজিদ রোড, ইম্ফাল।

নম্কম—
দেবলা প্রেস
পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

# য়াৎহৈ অনিদং

সাহিত্য জগৎতা শকল্লাইরবা সাহিত্যগায় শ্রীশরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী "হরিলক্ষ্মী" বু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা অপাবশিংগী মিংয়েং-মাংদ লাপ্থোকচরি। মসিদা য়াম্বিবমথৈ লায়থোকহল্লনবা হোৎনবদা য়াৎহৈ-য়াত্তানচিংবা হোংদোক-চোংজিন তৌখিবা থয়া য়াউখি। অহুগা অসিগুম্বা মিংচৎ লৈরবা অইবা অমগী মশক-মখিং মাইরবা লাইরিক অমবু মশাগী লোন্দগী অ তাপ্পা লোন অমদা হন্দোকপা হায়বসি অশোয়-অভাম য়াউরোই হায়নিংঙাই লৈতে। অহুম ওইনমক বঙ্গদেশকা মশ৯ন ইরবা সাহিত্যকারনা য়ারেং অসিদা পীরিবা কাউঙমত্রবা মহাওহ্ পামজক্লবনা লাইরিক অসি হন্দোকঙক্লবনি।

লাইরিক অসি কোংদোক্লবগীদমক ঐগী ইয়াম্বা শক্লবা ঊকাই-থুম্লরবা শ্রীমোইরাংথেম ইবোতোম্বী (ইরিগেসন অমস্তুং ফ্লড কন্ত্রোল মিনিস্টর) না মহোশাগুম অচৌবা মতেং পীবিরকপদগী লাইরিক অসি পাবিরিবশিংগী মুংশি-মিংয়েং-মাংদা লাপ্থোকচনবা থুপ্লোং কংজবনি। অহুনা তেংবাংবিরিবা ইয়াম্বা অসিগী মকমদা পুক্নিগী শিংথমরোইরবা লমন তোনশিল্লয়ে।

হন্দোকচবা—

# হরিলক্ষ্মী

## অমা

ৱারী অসিগী চৌরককম ওইরিবা অদু পিকই; অদুম শুইনমক অপিকপা থৌদোক্কী মতু ইন্না হরিলক্ষ্মীগী পুন্সিদা থোকখিবা অদু অকুপ্পসু নত্তে, করিসু নৈতবসু নত্তে। সংসারদা অসুমমক চৌই।

বেলপুরগী শিবচরন অদি, মপুক তপ্রব ভুরেলগী লৈমায়দা তাহাজগী নাকন্দা ছা ফানবা অপিকপা কিনাওগী মচৌগুম অমগা অমগা খস্তাংননা য়েংশিন্নবা লৈতনা পুন্সম্মী, ইখঙ খঙহৌদনা কদায়দগীনো অপাইবা নোংলৈ-নুংশিংনা ঊথক অমা হৌরকুনা তাহাজগী থৌরি খদংখ্রে, খল্লিবা কি শেগায়খ্রে, মিংকুপকী মনুংদা মাঙ্গংলবী উচেল প্রলয়গী শক্তম লৌখ্রে, মতুগী হিসাব ফংখিদ্রে।

বেলপুরগী তালুক (জমিদারগী মথাদা লৈবা অপিকপা জমিদারি) না কোল্লিবা লমদমতু অচৌবা নত্তে। লেপ্পদা ফম্বদা

প্রজা মৈ-চৈন্থনস্থু লূপা লিশিং তরানিথোইদগী হেন্না খোমগংপা ওস্বা নত্তে. অহুবু লূপাদগী পৈসা অনিদমক তানা কংকম থোক্লিবা শিবচরণগী মফমদা পাই অনিগী শরুক্তং কংকম থোকপা বিপিনবিহারীবু কবিগুস্বা জাহাজগা লোয়ননা ডুমগী ওা কাননবা হিনাওগা চাংদম্নক্লরবদি থোইদোক্লা হেক্তিনবা দোষ নৈরোই।

লাপ্পরবস্থু সগোত্রনি, অমস্থং পারোন-পুরোন তরুক-তরেংকী মমাংদা ইমুং অনিমক সমাজদা মাম্না ঈকাই-খুম্নবগী থাক কংলম্মী, অহুবু ওসিদি মী অমগী মরোল অহুমগী বিল্ডিংনা খুঙ্গংদা মকোক খিনগংল্লে অমস্থং অতোপ্পা অমগী মল্লবা হোরবা য়ুম্না নৈমায় থক্তা হিপথগদবগী মাইকৈদা মপুক্লিং চংল্লে।

অহুম ওইনমক মতৌ অস্থুম্না তোহ্নমক মতম লেল্লক্লি অমস্থং মতৌ অস্থুম্নমক তৌহ্না লেমহৌরিব পুক্সিগী সুমিংশিংহু বিপিন্না অরা-মুংওাইদা অপনবা নৈংনা লেপ্তবা ওম্নমগদবনি; অহুবু মংলিবা মোং মতুম মচেং অমনা মতম চাদন নোং-মুংশিং তৌরক্লুনা পূম্নমক থক-খা ওলহনহিবহু মতৌ অস্থুনি।

লূপা অনিদগী পৈসা চনি তানা খংফম থোকপা শিবচরণগী নুপী ইখও খওগৌদনা শিগ্রন্দা মরুপ-মপাংশিংনা হায়রম্মী, "চহি নিফু-নিফুমাথোইবু অহুক চহি য়াম্না লৌরগত্রা! নহাক অমুক হন্না লুহোংউ।"

য়েক্লবা কাংবুনা তাবদা নোক্লরম্মী, হায়রম্মী, "নিফুদরা, শিবচরণদি চহি নিফু লানখংল্লবনিনে!"

মসিগী অর্থদি, অনিমক অচুম্বা নত্তে। অশেংবা রাকমদি অসিনি, বাবুচৌবগী ঈ থাংনা ঙৌবা তনান তনানবা হকচাং, নিংথিজবা মাইথোংদা কোইগী মমি ফাওবা লৈতে। মতম চানা কোই-নুং কোকচৌদবগী খুদোংচাবা থরমথৈ লৈরম্বা মাই, অহবু খুদোংচাদবস্নু কয়ানি।

চহি মতাং আন্দাজ তৌবগী রাকমদা হন্থনা হায়নিংদবা মখোয় অহনা হেক্ষংনা হায়হুনা করম্বা অক্ক মশীংদা লেপকদগে হায়বা অহু মখোয় মশানা লেপচবা ঙম্বা নত্তে।

মহু ওইনিংবা ওইজসনু, শেল পায়বা মীগী কায়ন-মৈচাক খাংঙমদে খাংঙমদে হায়না হায়না হৌত্রে, অহুগী মতুংদা হরিলক্ষ্মীবু লুহোংহনা শিবচরণনা মযুমদা পুশিল্লকই।

হাংনবা য়ুম নোংমতদা মপুংফানা থনত্রে। মরমদি য়েক্লবা কাংবুনা করিনো ঙাংনিংবমথৈ ঙাংজসনু, প্রজাপতিনদি তশেংনমক মহাকপু হন্দক্তি থোইদোক্লা চানবিত্রে, মহু য়াবমক তাবনি।

মখোয়না লোম্না ঙাংলৈ, "বরগা য়েংনবদা মো অংনৌবীগী, চহি মতাং কাংলম্না নৌবা নত্রে, অহুদি ওইরগা মচা অম-অনি চেন্দুনা য়ুম পাল্লরুবদি অমুক ফাক্লনবা খুদম ফাওবা লৈররোইদবনি।"

অহুম ওইনমক, মহাক মশক-মতৌ ফজে, রাকম অসিং মখোয়না য়াদবা ঙমদে।

মসিগী ফলদি, লৈশাবী অরিবী থ্বাইদগী ফাওবা লক্ষ্মীনা চহি থরমথৈ হেল্লে, চহি তরামাপলদগী তারম্নরোই নিংই।

মহাক্না মপাবুং আধুনিক যুগকী অনোবা রাখলগী মী ওইনি, চেকশিন্না মচানুপীবু চহি য়াম্লবা ফাওবা লাইরিক তমহন্দুনা মেত্রিক পাশ তৌহনখ্রবনি। মহাক্না অতোপ্পা আশা লৈজরম্মী, শুপ্নগী কারবার কেল ওইদুনা লাইরথখিবগীদমক অসিগুম্বা মতিক চাবা মীশক্তা মচানুপী থাজবা তাজখিবনি।

লক্ষ্মী সহর নিত্তোলনি, মপুরোইববু সুমিৎ নিনি-হুম্নিদা থগুবা হুম্নম্মী। মহাক্না লুরিবদি অসিনি মহুদি, মরি-মতাগা লোয়ননা মীয়াম্না থন্না লৈবা অচৌবা ইমুং অসিদা মহাক্না থম্মোয় শেংনা কনাগস্থ তৌন্নবা ছমদে।

অসোমদা শিবচরণনা নুংশিবিবগীদি ছমখে নাইদে। শুপ্নদগী মহাক্না নহা ওইরিবী তাংলোইনি হায়দুনা নত্রে, মহাক্না তশেংনা মমল নাইদবা পোং ফংবগুম্মা।

ইমুংগী শাগৈ-নাত্তে মরি-মতাগী কাংবুনা কদায়দা কবি তৌরগা লক্ষ্মীগী মপুক্কিং পেলহনগদগে হায়বা খিবদা ফংদে।

রাকম অমা মহাক্না তোইনা তাবা ফংলম্মী,— "চন্দক্কি মৌ য়াইমগী মাইথোংদা কালি ভৈরে। শক্তা, গুণদা, বিদ্যা-বুদ্ধিদা অম্ভক কুইনা কারম্বা মহাক্না নাপল কায়রে।"

অদুবু অম্মুম তৌহনস্থ খুদেংচাবা ফংত্রে, থা অনিগী মমুংদা লক্ষ্মী নারক্রে।

নারিগৈ মতম অসিদা লোংমা মহাক্না মৌ য়াইমগা উরে।

"মো য়াইমা অসি বিপিনবিহারীগী মুশীনি, যুমজাওগী মো অনৌবী নংবি হায়বা তাংনা কংবা লাকপনি। মহাক্না চহি অনি-অহুম হল্লদা য়াই; মহাক মপক কৈথ হায়বা লক্ষ্মীনা মপুক্রিংদা য়াংই।

অহুবু চহি মতাং অসিদা লাইয়বগী অবা-অনাগী অকনবা চৈথেংনা থৈজংপগী খুদম মহাক্কী মশা পুম্নদা মমেক শেংনা উবা ফংই। চহি হুক্কী মচান্নুপা অমা লোয়নরকই, মহাকসু অনাশক চেন্নি।

লক্ষ্মীনা তহংম তরাম তৌহনা কয়ুং মচিদা কমহল্লগা ডাইনাক বাং-লাং ডাংদনা যেংহুনা লৈরকই। মখুংতা সনাগী খুজি তোঙা অমা শিংকিবা অথু নংহৈনা থৈও বরিশুম্না লৈতেং অমত্তা মশাদা পক্কে, বিক্কেংতা হাইক্কেং যোংতাই-চুদাইনরবা অত্তাংশনা ফিবাল পাক্রা চনবা খৈজোম্না শাডী ওইনা শেংলি, মহাক্কী মপুরোইবগী ফিমন খুনবা ওইরম্না য়াই, খুজংগী চংনবী মতুং ইন্না মুপামচাও খুনৈ-খুরাং শেংজে, মহাকসু লৈগী যোং নম্না খৈজোম মচা অমা শেংলি।

লক্ষ্মীনা মাগী মথুং পায়হুনা চিংশিল্লগা তপ্না তপ্না হায়রকই, "লাইবক ফবনা নংবিরবনি, অতুংনি ওদোমগা উম্নজবা কংলিবা। অদুবু মরিদা ঐনা অহল ওইগে ওইজসমু যো য়াইমা। ইনাও-ইবুংঙো য়াইমনা মঙোন্দগী চহিদা অতাং য়ান্না ওই হায়বা ওই।"

মো য়াইনন: মাংথোং মকা লায়া হায়রকই, "ঙিঙোনা অচাং ওইরগনু মঙোন্দা অদোম হায়না কৌরগন্রা ?"

লক্ষ্মীনা হায়রকই, "অংগনবা নুমিত্তা চিন্নাম-খারাম ওইনা অমা হেক্তা কৌরে, অদু নংলমন্নবদি অদোম হায়না কৌগদবা মীশক নত্তে ঐহাক। অদুবু মতমদি হায়দুনা নহাক্কুম্ব ঐঙোন্দা ইচে হায়না কৌগনু,— মদু ঐ খাংবা ওয়োই। ঐগী ইমিং লক্ষ্মী কৌই।"

মো য়াইমনা হায়রকই, "মিংদু তাকুবগী দরকার ওইদে ইচে, অদোম্বু উবদা খঙলবনি। অদুগা ঐগী মিং— কনানা খঙগলি, কনাননো করেমতুনা কমলা ( লক্ষ্মী ) থোরম্মারে !"

অমি হায়দুনা কাগী তৌরগা মহাক্না নোকফেং তৌরকই।

হরিলক্ষ্মীনা পাম্লকই, মহাক্কুম্ব য়ানি'দবা উংতুনা হায়নিংই, নহাকপু উবদম্বু নহাক্কী নমিং হেক্তা খঙবা ওয়ে, অদুবু কিন্তয়া করেম্বগুম থোকখিগদ্রা চিংনদুনা হায়দোকপা ঙমদ্রে ; হায়রকই, "ঐথোয়নিগী মিংগী অর্থ অমঙনি। অদুবু, মো য়াইমা, ঐনা নঙোন্দা 'নহাক' হায়বা ওয়ে, নহাক্কুদি ঙমদ্রে।"

মো য়াইমনা নোকুনা পাউখুম পীরকই, "পাক হেক হায়দোকপা ঙমদে, ইচে। চহিনদি নহা ওইরবম্বু অতৈ হীরম খুদিংমক্তদি ইচেনা অহলনি। নুমিং নিনি হৌখিনু—দরকার ওইরবদি মিঙো হোংদোকপদা কয়াবু কুইনা চঙদগে ?"

হরিলক্ষ্মীনা মসিগী পাউখুম পাক হেক খিবা ফংদ্রে ; অদুবু মহাক্না মপুক্কিংদা খঙলে, নুপী অমি অহানবা উন্নবা নুমিত্তা

পরিচয় য়াম্না চান্নশিনবা মওংদা উংপা পামদে। অদুবু করিগুম্বা খরা হায়ত্রিবৈগী মমাংদা মো য়াইমনা হৌগংকদবগী ভৌদুনা হায়রকই, "হৌজিক অদু ওইরবদি হৌগংগ্রগে ইচে, হয়েং অমুক—"

লক্ষ্মীনা চঙক্লদুনা হায়রকই, "হৌজিকমক চংকদৌরিবা করিগীনো, ঙাইহাক্তগা কমখো।"

মো য়াইমনা হায়রকই, "য়াখং পীরবদি কমখিবা তাবনি, অদুবু ঙসিদি চংলগে ইচে. মহাক হল্লকপা মতম ওইরে।"

অসি হায়রগা মহাক হৌগংতুনা লেপত্রে অমত্তং মচানুপাগী মথুং শম্লগা চংত্রিবৈগী মমাংদা মোমোয়বা মাইখোংনা হায়রকই, "য়োরগে ইচে। হয়েংদি খরা ঙমা লাক্তে, করি হায়বগে?"

অসি হায়রম্লগা মহাক তপ্না তপ্না মপালদা খোকত্রে।

বিপিনবিহারীগী মূপী চংগ্রবদা হরিলক্ষ্মী মাইকৈ অদোমদা য়েংতুনা ভম্মিম্না লৈ। হৌজিক মশাদা অনাবদি লৈত্রে, অদুবু চৈনাখোলদি লৈরি। অদুম ওইনমক ঙাইহাক্তী ওইনা মহু কাউখোকত্রে।

অমুক কূইবসি থুঙং হৌদুনা মো কয়া লাকখি, মহুগী মশীং থাবা ঙম্বা নত্তে, অদুবু থংনবা ইখোলগী লাইরবা ইমুংগী মো অসি মখোয় অদুগা চাংদম্নক্নবা য়াদে। মখোয়দি অতয়না লাকপনি, হৌগংনিংদে। অমুক কমখো হায়ক্লবদি য়া হায়নিংঙাই

লৈত্রে। মহ্ কয়াদা হঙ্গোইবা রাঙাংনো, কয়াদা রা পেৎথ্রবনো, পুক্নিং হয়াও-তয়ায়ব হোংনবগী কয়াদা ঈকাই-নাইদবা থৌদোনো! মহাক্না পুক্নমজ্রবা থম্মোয়দা মরক মরক্তা খোইরাং-খোইশাউনরকই, অদুবু মহুগী চৈরক্তা ইথঙ খঙহৌদনা কনানো লাক্লগা মহাক্তা নাহমা কমুংদা লৈরিবিঙদা মিংকুপকী ওইনা মশাগী পরিচয় পীরম্লগা চংখ্রে! মহাক্না মশামগী রা হংহৌনবা মতম ফংখিদে, অদুগা হংলুপ্রবসু কনানা খঙগনি কয়দৌহ্নো লক্ষ্মীগী থম্মোয়দা অস্থয়া ফাওরকই,—মহাক্না মত্তোওম মহাক্তি কলিকাতাগী নিঙোল গুপনং নত্তে।

খুঙ্গংগী লময়মদা লাইরিক থরা হৈ হায়রহ্না বিপিনবিহারীগী নুপীগী মিংচং অমা লৈ।

লক্ষ্মীনা খল্লকই, মৌ অদু হশেংনা সুর পান্দুনা রামায়ণ-মহাভারত পাবা ওয়গা রাই, অদুবু মতমগী হেন্নমদবা রাই। বিপিনবিহারীগী মত্তোওম্বা লাইব-অনংবগী মখুংতা মচানিঙোল থাজরক্লিবা মশা অদুনা করিশুম্বদসু অমুক টুাশন মাস্টর থমহনা স্কুলদা লাইরিক তমহন্দুনা পাশ তৌহনলগা কন্যাদান তৌরকপদি ওইরোই। কুচুনা পুলৈ-কুচুদা লংবনি—অঙৌবা হায়বদি য়াদে। অদুবু শক্তী রা থম্বসু শিক্ষা, লৈমিন-চামিরবা অমদি ফিভম্না করিশুম্না মওংদসু বিপিনবিহারীগী নুপীনা মনাক মক্রবা য়াবা নত্তে।

অদুবু রাকম অমদদি হরিলক্ষ্মীনা মশাবু হম্না খল্লকই। মহাক্না খেংল্লেল! অদুগা রাঙা গী মওং অদুসু হশেংনা খোইহি

তেল্লি। থনিতা কোঁয়া-তকর্সিবা মাঙাংদ, মাইহেশিংই মঁহাক্কী মচুদিগী চিনক পুইখা লাকপগুম্বী: থইক চঞ্জা চাংবোকই।

অদুবু খ্বাইদগী লেম্না থংডোক্লা থুম্না মুঁমিরিবা পোইশিক মইদি হুপী অইগী চুং যোনা উবা অদুনি। মহাক লাইরবা ইযুংগী মোনি, মহু চিন খোঙ্কা চাংথোক্লুবগুম অদুম তৌনবক কোকলোকই মহুপি, মশিমক মহাকী মশাগী অর্ধাঙ্গিনী, থসি মঁতম্বা মহাকা মকমদা কয়িগুম্বা মওংদগুম কয়িমচা অমুক লেমজদবগুম্বা।

লাইরবনি, অদুবু কাঙ্গালদি নত্তে। শাইপ থঁবগী মোনি, মী থবা নাবদা অতোপ্পা মী অমনা মাগী অনাবা হংবা লাক্লবনি, —মসিদগী হেন্দোক-খোইদোকপা পান্দম মরিক অমত্তমু লৈতে।

নঙ্ক্লা মচুংদা মপুরোইবনা অনাবা কমদৌরিবগে য়েংবা চংলকপদা হরিনক্সীনা বা কয়াগী মচুংদা হায়রকই, "লেপ্পি অলোমগী দুমগী মো য়াইমা উরবে।"

শিবচরণনা হায়রকই, "কনাগা? বিপিনগী দুপীগা?"

লক্ষ্মীনা হায়রকই, "হোয়। ঐগী লাইবক য়াম্না ফবনি, অমুক কুইরবগী ভুংদা মশামক ঐগী অনাবা হংবা লাকই। অদুবু মিনিট মজাদগী হেক্না কশা চৎথিজে, থবক লৈ হায়দুনা হৌগংতুনা চংথি।"

শিবচরণনা হায়রকই, "থবক? হাই, মথৌরগী মীৎমাই-খুদা লৈরবা, মীনাই খুদা লৈরবনে? কৌরা-মিক কৈংবরগী

কৌত-চেংশু কাওবা— কদায়, মগী নংতৌগুম্না কয়দোক্নুম্না, হিংগ্রোক্নুনা অমুক্তা লৈয়ুদনা য়েংসি। ঈশিং থুনাই অমা কাওবা মগনা শোকউরগা থকপা নত্তে।"

মশাগী মরমদা অসিগুম্বা বা ভাংলকপসিদা হরিলক্ষ্মী খোইদোক্না মুংশাইরক্তে. অদুবু মহাকপু বাংনা থাক্কংনবা ওইরমাল্লে, ঈকাইবা পীননবগীদমক নত্তে অম্বুম্না মপুক্কিং। শরক্তুনা মহাক শাউজ্রে, হায়রকই, "মো রাইমা য়ুমদগী মপাল খোক্কন্দে হায়বগুম ভাই, য়ুম থাদোক্নুনা কদায়দম্বু চংখোক্তত্রা?"

শিবচরণনা হায়রকই, "কদায়দা চংকদগে? থুজি থরা নত্তনা অতৈ মরিক-মকোল অমত্তা লৈতে,— ঈকাইহনা মশক উৎপা ভমদবনি।"

হরিলক্ষ্মীনা নোককেং তৌনা হায়রকই,"করিগী ঈকাইরিবা? লৈবাক্কী মীয়াম্না মাগী মশাদা লিক-কোল শিব: য়েংগদবগী লাংতক্লত্রবে, নত্তে, শিবা উদ্রবদি থিনা ভাংবগদ্রা?"

শিবচরণনা হায়রকই, "মণি-মুক্তা থিনবা লিক-কোল! ঐনা নংগোন্দা খোল্লিবা অসিগুম্বসিবু খোংরাবী কনাগী মমিংতা উজবা ফংবগে? মতু-মচাগী ভসি কাওবা থুজি জোড়া অমত্তদগী হেন্না শাবা ভমজবা নত্তে। য়েংউ, 'শেলগী পাঙ্গল! করাদা কল্লিবা। খোঙউপ্না কনগনি, অদুগা—"

হরিলক্ষ্মীনা মপুক্কিং থুংশাইহনা অমম্বুং খোইদোক্না ঈকাইনা হায়রকই, "হৌনদে হৌনদে, অদুগুম্বা বাচ্চ ভাংবিরিবা করিগীনো?"

শিবচরণনা হায়রকই, "নত্তে, নত্তে। ঐখোয়দি হায়দোকপদা অরোন-অথুপ লৈতে। ঐদি হায়নিংলিবহ্ ময়েক শেংনা শেংনা ঙাংই।"

হরিলক্ষ্মী পাউথুম পিদনা মমিং উইশিন্দুনা লৈরে।

হায়নি'ঙাই বা করিবু লৈখিগদগে?

মখোয়না অশোনবগী মায়োক্তা কাহেন্না অথিবা বাহৈ শিজিন্নহ্নবা কন্না অমম্লুং য়াক্না ঙাংখোকপবু তশেংনা অশেংবা বা ঙাংবনি হায়না লৌরি।

শিবচরণ তপথত্রে, হায়রকই, "লুহোংবদা লুপা চামঙা পুখিবনি, শেন্দোয়-শেন্নেপ পুম্না লুপা চাক্ত্রেং-চানিপাল তরবনি, মহ্ মখোয়বু নিংশিংলিত্রনে? লাইয়বা মচি অমদা কুন্দুনা লৈগে লৈজৌ, ঐনবু পাম্লবদি মনা লৈহ্নবা ঙাম্ৎহোকপা ঙম্মী। মীনাই মুপী ওইহনবা কাওবা মতিক চাবী নত্তে,—ঐগী ইমুংদা মাপল ভৌররিবা।"

হরিলক্ষ্মী মমাই লৈখোক্তুনা হিপত্রে।

নাবগী মথক্তা বারোবা অমম্লুং ঔকাইবনা মহাক্কী মশা 'পুম্না শৌবিং শৌবিং লাউবগুমত্রে।

মথংগী নুমিংকী মুংখিলদা ইমুংদগী বা ঙাংদনা মমিং পাংহ্নবা য়েংখোয়রকই, বিপিনবিহারীগী মুপী মপালদা খোকখ্রি। মহাক্না কৌহ্নবা হায়রকই,৷"মৌ য়াইমা, চৎলগেন্না?"

মৌ য়াইমনা ঈকাইনা হজিল্লক্লগা হায়রকই, "ইচে ভুম্বিরিমায়েল্লে হায়না খঙল্লরে। ঙসিদু কমদৌবিবগে ইচে ?"

হরিলক্ষ্মীনা হায়রকই, "ঙসিদি থোইদোক্লা সুংঙাই, কদায় নহাক্কী নচানুপাদি পুরক্লুত্রা ?"

মৌ য়াইমনা হায়রকই, "ঙসিদি মহাক খঙহৌদনা ভুমখোকপ্রে ইচে।"

হরিলক্ষ্মীনা ঙকচারনা হায়রকই, "খঙহৌদনা ভুমখোকপ্রে হায়বদি করিনো ?"

মৌ য়াইমনা হায়রকই, "কত্তবা হৈনবা ওইখিগত্রা কায়দুনা ঐ সুংখিলদা মাথু থোইনা ভুমলদ্রে ইচে।"

হরিলক্ষ্মীনা হংলকই, "সুংশা মরক্তা চাওশিন্নদুনা কৌইন শামবা চংক্রা ?"

মৌ য়াইমনা হায়রকই, "করিগী চংঙনি! অদুবু ভুম্বনগীদি মহুনা থোইদোক্লিদুম হৈ।"

হরিলক্ষ্মীনা হায়রকই, "নহাক নশাদি খঙলে হৈদোঙনসু ভুম্মিরোইনে ?"

মৌ য়াইমনা নোকমি নোকমি ভৌদুনা হায়রকই, "ভুমদে।"

হরিলক্ষ্মীনা খল্লম্মী. নুপীশিংগী হৈনবা মতুং ইন্না হন্নক্তি মহাক্না মশাগী খুপচামনা লৈবা শাংলবা লিস্ট কাক্তোক্লকপ য়াই, অদুবু মহাক্না মদুগুবা করিসু তৌত্রে।

মসিগী মতুংদা য়াম্না অতৈ অতৈ চংখরকই।

বাকী বাপানদগী হরিলক্ষ্মীনা মশাগী মপানগী বা, মবুং-মোপ্নাগী বা, মন্দিরি মহাশয়গী বা, স্কুলগী বা, অহুদা নত্তনা মহাক্কা মেট্রিক পাশ তৌবগী বা ফাওবা শিং শিংনা তম্‌দোকপ্রে।

কনা ক্লুইনা লৈববা তু'দা মহাক্কা জ্ঞান তাক্লবা মতম অঙদা মরেক-শেংনা হৈরক্লে, অতাবা মীশক অমা ওইনা মো যাইমা কনা কবন্থ ওইসহ্ন, বা তাংবা মীশক অমা ওইনা মহাকী বাহু তশেংনা হেৎবমলি।

মো যাইমকদি মশাগী বা খোইনা করিদ্ধ তমদে।

অহানবদদি লক্ষ্মীনা ঊকাইবগুম তৌই, অহুবু মতম অহুমত্তদা মপুক্লিংদা থমকই, ঐগী ইকমদম বাবী শাবা যাবা মাগী কবিবু লৈগনি!

অহুবু ওয়াং মো অসিগী মামোক্তা মহাকী থঙ্গোয়দা নুংনাংবা পোকখিবগুম শসিদ্ধ মতৌ অহুমা খোইদোক্লা অপেনবা অমা কাওরকপগুম তৌই।

মমল য়াম্নবা কক্লাং-ঘড়িদা মথল মথলগী যত্র মখোলগা লোয়ননা পুং অহুম তাক্লে।

মো যাইমনা হৌগৎলগা নোঙ্কুকপগা লোয়ননা হায়রকই, "ইচে, ওসি অহু ওইরদি মৌবপ্রগে?"

হরিলক্ষ্মীনা কাগী তোহ্‌না হায়রকই, "থওমরে ইনাও, নহাকপু পুং অহুম কাওবদা ছুটিরা? ইনাও-ইবুংতোবু ঘড়িগী কাটাগা চান্‌না যুমদা চংলকপ্রনে?"

মো য়াইমনা হায়রকই, "ঙসিদি মহাক য়ুমদা লৈ।"

হরিলক্ষ্মীনা হায়রকই, "ঙসি কৈদোৌবগে অদু ওইরবদি ঙাইহাক্তা কমথোদনা?"

মো য়াইমা ক্ষমত্রে, অদুবু চংননবগীম্তু মথোঙ থাংদোক্লে। তপ্না তপ্না হায়রকই, "ইচে, অদে মদি শিক্ষা-দীক্ষা কয়া কংলবা, লাইরিক-লাইঙ হৈবা মীশক্তি, ঐদি খুন্নুংগী—"

হরিলক্ষ্মীনা হংলকই, "নহাক্না নপাম খুঙ্গংদা ওইরবোইরে?"

মো য়াইমনা হায়রকই, "হোয় ইচে, তশেংনা চাউখংতবা খুঙ্গংনি। শোয়দুনা ঙয়াং অদু করিনো হায়গদবদা করিনো হায়দোকখিরস্বা য়াম্লৈ, অদুবু ইচেদা ঈকাইবা পীনমবা বা,—য়াশক্কুনা হায়বিয়ুদো ইচে—"

হরিলক্ষ্মীনা ওক্কুনা হায়রকই, "করি বাম্নো মো য়াইমা, নহাক্কুদি ঐঙোন্দা অদুগুম্বা করিমত্তা হায়খিদ্রেনা!"

মো য়াইমনা বাকমসিগী পাউখুম ওইনা করিগুম্বা বা অমত্তা ঙাংলক্তে।

অদুবু "চংচরগে" হায়দুনা অমুক হন্না বিদায় লৌরগা মহাক্না তপ্না তপ্না মপালদা থোকখিবা মতম অদুদা খঙহৌদনা মহাক্কী থোঙ্গেল মওং অমা ওইনা তাম্লকই।

অহিংদা শিবচরণনা কাদা চংলকপা মতম অদুদা হরিলক্ষ্মী ভুম্মিন্না হিপতুনা লৈরম্মী, মো য়াইমগী অকোনবা য়াইহেশিংদু

মহাক্কী অমুক নিংশিংলুব্রে। মশা খোইদোক্না মুংঙহিবে, মপুক্লিংস্থ ঈংই, মরা ভম্মি।

শিবচরণনা হংলকই, "কমদৌরিবগে খৌ অহল ?"

লক্ষ্মীনা হৌগৎভুনা কপ্পা হায়রকই, "মুংঙাই।"

শিবচরণনা হায়রকই, "অয়ুকী খৌদোক খঙলেদনা ? অপঙবত্থ কৌরগা মরাম মমাংদা অস্থমা খুঙ্গোইনবিপ্রবনি মহূদি, মপোক অসিমগী কাউজবা ঙম্রোই। ঐ বেলপুরগী শিবচরণনি। হা !"

হরিলক্ষ্মীনা মুংশাথীহনা হায়রকই, "কনাবুনো ?"

শিবচরণনা হায়রকই, "বিপিনবু। কৌরগা হায়বিপ্রবনি, মহাক্ক মুপীনা ঐগী পুপীদবু খোক হেক ঈকাইবা পীরম্নগা চংথ্রিবা, অহুক হাক্লা মখোনা লৈরবা ! অতোন-অতা মচা, মৈথিবোং-মীতম্বান, মী মচাগী নিঙোল ! মাগী মকোক অতাংবহূদা গুমু-মাইঙং তৈরগা খুঙ্গোইনহনা খুঙ্গংদগী ভাম্বোকপা ঙম্মী, খঙত্রা ?"

নাবনা মরম ওইহনা হরিলক্ষ্মীগী মকশিল্লবা মাইথোং ভশেংনা পুর্থকা কাহংদ্রে,— "করিনো হায়বিরিবহূবো ?"

শিবচরণনা মণাগী মপুক্তা নাম্নহনা হায়রকই, "খুঙ্গং অসিদা জজ হায়গে হায়রো, ম্যাজিস্ট্রেট হায়গে হায়রো, পুম্নমক শর্মা অসিনি ! শর্মা অসিনি ! শিহনবম্থ হিংহনবম্থ খুং অসিদা লৈ। নঙনা পাম্নবদি, হয়েংমক করিগুম্বা বিপিনগী মৌ লাকুন

নহংগী মথোত্ত কোলঁহনবা ভমত্রবদি ঐহাক লাটু-চৌধুরীগী মচা মত্রে ! ঐ—”

বিপিনগী মৌবু মীরাম মমাংদা ঊকাইবা পীনবা অমসুং লৈবা তাংহনবগী মঙ্গিরা শন্দোক্না তাংহন্দা লাটু চৌধুরীগী মচানুপান্না হায়বা হৌনদবা অথিবা বাট্টেগী অথুকপা অমুক ওয়াখিল্লে।

অদুগা মহাকমক্তা মমাংদা চপ্ য়ুংনা মঙ্গিং কুপ্তুনা যেংঙ্গনা হরিলক্ষ্মীনা মপুক্কিংদা হায়জরকই, ‘হে মালেম লৈমা, চেংখাম্রবিরক্রো !’

## অনি

মাগী অনিশুবা মহা ওইরিবী সুনীতু মশা কগংহন্নবগীদমক শিবচরণনা ভগ্নগী মশাগী একচাং নভুনা অতেং পুম্নমক অখাকপা লৈতনা পীথোকপা ভমগনি।

হরিলক্ষ্মীগী মশা অহু বেলপুরদা কগংলকপা পামদবগুমল্লে।

ডাক্তরনা হবা-মুংশিং ওননবা পাঙ্জিনাক পীরে।

শিবচরণনা কৃপাদগী পৈসা অনি তাঙ্গী যান্ত্র-দ্রব্যাদা ভারা মাগী সুনীবু হবা-মুংশিং ওননবা থৌরাং চাউনা তৌরকই।

যারা তৌগদবা অকবা সুমিংতা খুজংগী মী পুম্নমক হুংবা লাক্নে, লাক্পাদি ভগ্নগী বিপিনবিহারী সমসুং মহাকী হৃপীবনি।

মপা'লদা শিৰচয়ানা চাৱগৎৰা ৱা ঙা'লি অমস্তুং ইমুংদনা মনে মচলনা কোইৱ'ং লা'লি।

মপালদা মীনা চিংন-চাইনবা ওমখিত্রে, ইমুংলোমদস্তু মতৌ অহয়মক মনেমা লাউতমা থোবাং হেনগৎনবা হোংনবদা মুপী কমা নিংথিনা ত্তীল্লে।

ৱা করিমত্তা ঙাংদবদি শুগ্রগী হরিলক্ষ্মীদনি।

মৌ য়াইমবু শাউনিংবা অমস্তুং ৱারোৱদা মহাক্কা কনাদগীস্তু হম্বৰা নত্তে, অহুবু ইমুংগী অমস্তুং মপালগী মুপীশিংনা ওসি কোইরাং লাংলি, মথোয়গা করিগুম্বা হীরম অমত্তদস্তু ঙাংন-শক্কুগদবা মহাক্কা মকমদা হঙ্গোইনা থোকত্রে।

লক্ষী চৎপদা দোলাইগী থোঙগী পর্দ্দা খিত্তুং কাংহনা লক্ষ্মীনা য়াম্না মুম্না য়েংবা মিংয়েংনা বিপিনগী মম্নবা য়ুমগী থোঙনাওদা য়েংলকই, অহুবু কনাগীস্তু মমি কাওবা মহাক্কী মিংয়েংদা থোরক্রে।

কাশীদা হাম্নমা মুম শিন্নহনা থমগ্রবনি।

মকম অহুগী ঈশিং-মুংশিংকী মগুণদা হরিলক্ষ্মীগী মাংথক্তুরবা হকচাং অমুক কগংলকপদা থিন্তৃখিত্রে।

থা মরিগী মতুংদা মহাক্কা মপুমদা হল্লকপা মতম অদুদা মহাক্কী মপা নিংথিনা কবা উবদা মুপীশিংগী অরোম্নবা থনবনবগী ওমখৈ লৈনখিত্রে।

নিংথম থা ওইশিল্লক্লে, লুংথিনদা মৌ য়াইমনা মতম চুপ্পদা নাপনবা মপুরোইবগী শামতুগী কপোক্তি লোল্লিবা অদুদগি থরা লাপ্তুক্লা কমতুনা মচানুপা শাম্লরি, মুপা-মচাতনা উরতুনা চরাংনরকই, "ইমা, ইমাবোক!"

মমানা মখুংতা পায়রিবা থবক হুপ্পোক্লমতুনা থুন য়াংনা নমস্কার তৌরগা কিদা থারে; হয়াও-তয়াপ্পা মাহৈথোংনা হংলকই, "হকচাংদি পুমশেং শেংবিরেদবা হৈ?"

হরিলক্ষ্মীনা হায়রকই, "হোয়, শেংলে। অদুবু নাবা করমদবস্ম য়াই, হন্নক্রমদবস্ম য়াই, অদুম ওইনমক চংলমদায় মতমদা হংবা কাওবা অমুক্তা লাকহিদে। দম্ম চংপদা নহাক্কী খোঙনাওদা মুন্না য়েং য়েংতনা চংলি, নমি কাওবা উবা ফংজনখিদে। অনাবা নচে চংক্লে হায়বগী কবিগুম্বা অমত্তা লুংশিবা পোক্তব্রা মৌ য়াইমা? অদুক হাক্লা নহাক থম্মোয়দ নুংগুম কনবা!"

মৌ য়াইমগী মমিংতা মপী ঈরা চেল্লক্লে, অদুবু মহাক্লা কবিগুম্বা পাউখুম অমত্তা পীদে।

হরিলক্ষ্মীনা হায়রকই, "ঐগী দোষ কনা লৈরবস্ম মৌ য়াইমা, নহাক্কী মতোংগুম ঐগী থম্মোয়দি অদুক হাক্লা কন্দে। ঈশ্বরনা ওইহনবিদবদি ওইসনু, অদুবু অদুগুম্বা মতমদা ঐনা নহাকপু উদনা লৈবা ঙম্মরোই।"

মৌ য়াইমনা বাকং অসিগী কবিগুম্বা পাউখুম অমত্তা পীদে, খুমদনা ভুম্মিন্না লেপতুনা লৈ।

হরিলক্ষ্মী কৈদৌঙৈদসু অমুক্তা লাকখিদ্রি, ওসিনা অহানবা ওইনা য়ুম অসিদা চংলকপনি।

মহাক্তা কাশিংহ্ন য়েংহনা কোইচং চংলকই।

চহি চাম্মা শুরবা তেক্ক-কায়রবা য়ুম্ভি, শুপ্পদগী কা অহমথক্তংদদি কয়িশুম্মা মওং অমদা শিজিন্নবা য়ানা লৈরি।

লাইয়রবগী মথেক লারবা খুদম্ভি, পোৎ-চৈ লৈতে হায়রমক য়াই।

য়ুমগী শুম্ন-লৈঙোই ইকিন-কিম্থরে, শেমজিন-শাজিন্নবা শক্তি লৈতে, অহুম ওইরমক মরম চাদনা য়োংশিনবদি কদায়ুদসু মচেং অমত্তা উদে।

য়াম্না পিক্কবা কমুং অহু তক তকই, ফক্লাংদা দেব দেবীগী পিকচর অহুম-মরি থেংলি, অহুপা লৈরি মৌ য়াইমগী মথুংমক্তা লোনবা খুং-শা চৈবনী থনক। অহুগী অয়াম্বা শরুকমক শামহু অমক্সুং লংনা লোনবনী থবক্তি, মহু পথাপ নাইনা ভমহুনা লোনবা মচিন অঙাংবা পানবা অশংবা মচুগী তেনৌবা নক্সপা মচু মঙাগী হৌদোংগী মূর্ত্তি নত্তে। মমল য়াম্নবা ক্রেমু চনুব: মচু মথল কয়ানা লৈতেংলবা শামহুনা লোনবা 'রেলকম' 'লেংশিনবিরকউ কম্বিয়ু' নক্সপা গীতাগী শ্লোকী বানান লানবা অর্থসু নত্তে।

হরিলক্ষ্মীনা চঙকুহুনা হংলকই, "মসি কনাগী পিকচরনো মৌ য়াইমা, মশক খঙবগুম ভৌইনে?"

মো য়াইমনা ঈকাইনা নোক্লুনা হায়রকই, "মসি তিলক মহারাজগী পিকচর য়েংলগা য়েক্লুনবা হোৎনখিবনি, অদুবু শোয়গ্রবনি।"

অসি হায়রগা মাংদা কক্লাংদা থেংলিবা ভারৎকী কৌস্তভ মণি মহাবীর তিলককী পিকচরদা মহাক্না মথুৎ থিন্দুনা মঙোন্দা উৎলকই।

হরিলক্ষ্মীনা য়াম্না কুইবা মাইকৈ অদোমদা য়েংদুনা কৈরুরগা তপ্না তপ্না হায়রকই, "শক খঙবা ঙম্দ্রে, মতৌ ঐগী দোগনি মো য়াইমা, নহাক্কী নত্তে। ঐঙোন্দা ৎম্বিগেরা হৈনাও? হিন্না অসি তম্বিরবদি নহাকপু গুরুনি হায়না লৌবদা ঐগী আপত্তি লৈতে।"

মো য়াইমনা নোক্লকই।

মুমিৎ অহুদা পুং অহুম-মরিগী মতুংদা মুংখিলদা হরিলক্ষ্মীন মযুমদা হনখিবা মতম অহুদা য়াকম অসিমক লেপ্লখি মতুদি, লোনব-খোৎপগী শিল্প অহু তম্না হয়েংদগী মহাক মুমিৎ খুদিংগী লাকপা হায়না।

লাকপসু লাকই, অদুবু মুমিৎ তরানি-কুম্নিদা মহাক্না ময়েক শেংনা খঙবা ঙম্লে, বিদ্না অসি শুপ্নগী লুবদা নক্কে, হৈমনবা হোৎনবদসু মতম য়াম্না শাংনা চঙনি।

নোংমা হরিলক্ষ্মীনা হায়রকই, "কদায় মো য়াইমা, নহাক্ক ঐঙোন্দা থরায় য়াউনা তম্বিদেনা।"

মো ম্রাইমনা হায়রকই, "মতম ম্রায়া চঙ্গনি ইচে, মচুগী শকক্পুদি অতৈ অতৈ লোনব-খোংপচুম তম্বিয়ু।"

হরিলক্ষ্মীনা মপুক্লিংদা হ্যাৎ্রৌরক্লে, অদুবু মচু লোংশিন্নগা হংলকই, "নহাক্না তম্নকপদদি নুমিৎ কয়ানি চংখিবগে মো ম্রাইনা ?"

মো ম্রাইমনা পাউখুম পীরকই, "এচোন্দদি কনানম্বু তম্বিখিদে ইচে, ইশানা হোংনজবদগী খরা খরা তৌদুনা—"

হরিলক্ষ্মীনা হায়রকই, "মচুনা ওইরমগনি। মচু নংলমমদুনা মীগী মনাক্তা তম্না চংলম্না খোক্রবদি নহাক মতমগী চাং লৈরমগদবনি।"

মচিন্দা মহাক্না কন অমবু হায়জরবম্বু মপুক্লিংদদি চিংনবা লৈতনা খঙজবা ঙম্লে, হৈ-শিংবা অমম্বুং লৌশিং কুপ্পদা মো ম্রাইমা অসিগী মনাক্তা মহাক লেপ্পবা কাওবা ঙম্বা নত্তে।

ঙসিদি লোনব-খোংপা তম্বদা খোইজংল্লে অমম্বুং চংকদবা মতম ওইগদবা ম্রায়া হ্যাংলিহৈদা য়েংভুম লংনচিংবা মপোং-মচৈ লোইশিন্দুনা হরিলক্ষ্মী ময়ুমদা হনল্লে।

মথংগী নুমিত্তা লাক্কে অমম্বুং নুমিৎ খুদিংগী লাকপদা সনা অহানবা ওইনা মহাক্কী অপনবা ওইখি।

নুমিৎ মরিনিগী মতুংদা নোংমা অমুক হরিলক্ষ্মী মহাক্কী য়েংভুম -লংগী বোম্ব পুদুনা য়ুম অসিদা লাক্লে।

মো ম্রাইমনা মাগী মচাম্নুপাদা রামায়ণদগী পিকচৱ উং উংতুনা ৱারী লিরম্লি, তৌকম খঙদনা হৌগংতুনা ক্যিদা থারে।

মহাক্না লাংতক্লবা খোঞ্জেলনা হংলকই, “নিনি-হুম্রিদি লাকপিখিদে, হকচাং নুংঙাই বদবা ওইরিনিনে ?”

হরিলক্ষ্মীনা শকফম হজিন্না হায়রকই, “নত্তে, অশুম নুমিৎ মঙা-তরুক্কি লাকপা ঙমদ্রোদ্রে।”

মেজো য়াইমনা হুৎপ ফোংদোকুনা হায়রকই, “নুমিৎ মঙা-তরুক্কি লাকপা ঙমাবখিদ্রব ? হোয় মহু শুরবা য়াই। অদুবু ঙাস অদু ওইরর্দি নুং থনি চোঙ্গনা থবক তাববা পাম্মী।”

লক্ষ্মীনা হায়রকই, “অ। অদু কাঁরগুম্বা থবক নাইবা খোক্লবদি মেজো য়াইমা নহক্না অমুক্তং তা খোংলব তুম্বান।”

মেজো য়াইমনা ঙৈকাইনা হায়রকই, “ঙসেংনা চুমিবমাক, অদুবু হমুংগী থবক হক্তাং নংনা নহনা য়ায়া লেবনা,— এ ইথন্দনিদো, কনা থাক্লগদগে হায়দিবু ? অদুবু এনা লান্দ্রে, মহু ইশানা য়াজরি হৈ।”

হরিলক্ষ্মী মপুক্লিংদা হয়াওরে।

নুমিৎ থরনি অসি মপাক খোংদোক্লা বাখৌহনমক লাকপা ঙমখিদবনি, অহুদ ওইনমক নুমিৎ থুনিংগী চংকে চংকে খোংনা নুমিৎ তাখিবনি।

তুপ্নগী মেজো য়াইমদা কদায়দগী ওইগদগে, পুঙ্গং ‘পুয়দা কাওবা কনাস্থু নৈতে, মপান্না থহোয় লেংনা ডাক্লবা ঙম্বা মীশক।

মৌ য়াইমগী মচানুপা মতোমদা পিকচর য়েংহুনা লৈ।

হরিলক্ষ্মীনা মহাকপু কৌহনা হায়রকই, "নিখিল, ইনাক্তা চংলকউদনা ইবুংঙো?"

নিখিল মনাক্তা চংলক্লবদা হরিলক্ষ্মীনা বোক্স হাংদোক্লগা লিক মরি অমা লৌথোক্লগা মহাক্কী ভকশমদা শিজিনবিরগা হায়রকই, "চংলো, শাম্লুরে।"

মমাগী শক্তম হক্লিনল্লে; মহাক্তা হংলকই, "ইচেনা মসিবু পীবিরব্রা?"

হরিলক্ষ্মীনা মাইথোং মকা লাম্লা খুমকই, "পীরবনি, কৈদোরবগে?"

মৌ য়াইমনা হায়রকই, "ইচেনা পীবিরবসু মানা কৈদোবগী লৌগদৌরিবনো?"

হরিলক্ষ্মীনা মপুক্লিংদা ৱাংখৌরক্লে, হায়রকই, "মমাবোক্তা লিক অমা ফাওবা পীবা য়াদব্রা?"

মৌ য়াইমনা হায়রকই, "মহুদি খঙজদে ইচে, অদুবু রাকম অসিদি তশেংনা খঙই, মমা অমা ওইনা ঐদি লৌবা ঙমদে, নিখিল মহু লৌথোক্লগা নঙগী নমাবোক্তা পীথোকখো। ইচে, ঐখোয় লাইরবনি, অদুবু ভিক্ষারীদি নত্তে। কবিগুরুনা পোং অমা খঙংহোদনা কংলে হায়হনা খুং অনি তিংথোক্লুনা লৌগদবা— মহু তৌদে।"

হরিলক্ষ্মী চুপ য়ুংনা কময়না লৈগ্রে।

" ওদিন্দু মহাক্কী মপুক্লিংদা হায়জরকই, 'মালেম'লমা. চেকথায়রক্লো !'

চংলমদায়দা মহাক্কা হায়রকই, "অচৌবু রাকম অসি নহাক্কী মভৈ-ইবুংঙোগী নাকোং মৌগ্রগনি মৌ ম্নাইমা।"

মৌ ম্নাইমনা হায়রকই, "মহাক্কী মা কয়া ঐগী নাকোং ম্নৌরকই, ঐগী মা অমত্তং মহাক্কা নাকোং ম্নৌখিবদা নাকোং পঙ্গদবা নত্তে।"

হরিলক্ষ্মীনা হায়রকই, কৈ, চাং য়েংনবা হায়বত্তনি।" সেপকক তৌরগা হায়রকই, "ঐঙোন্দা অয়েঙ্গদা ঊকাইবা ন'ফনবগী দরকার লৈত্তবনি মৌ ম্নাইমা। ঐন্দু শাস্তি পীবা নৈ।"

মৌ ম্নাইমনা হায়রকই, "অসিদি ইচেনা শাউবগী রানি। মহু নত্তবদি ঐদি ইচেদা ঊকাইবা পীদে, তুপ্লগী ঐগী ইপ'য়োইবা অয়েঙ্গদা ঊকাইবা নঙ্গদবদগী ইচেবু খামজবনি,— মসি খঙনবগী শিক্ষা ইচেগী নৈ।"

হরিলক্ষ্মীনা হায়রকই, "মহু নৈ, নৈত্রিবদি তুপ্লগী মখোয়গী থুবুংগী সুপীশিংগা শংবনবা শিকদনি।"

মৌ ম্নাইমনা মীচৈ অসিগী পাউখুম পীদে, ভুম্মিয়া লৈ।

হরিলক্ষ্মীনা চংকদবগী তৌরগা হায়রকই, "লিক অচৌগী মমল ওইনিংবা ওইজসমু, সুপামচা অসিবু সুংশিবদগী পীরুবনি, নহাক্কী নপুয়োইবগী লাইরবা কোক্নমবনি খল্লুনা পীরুবা নত্তে।

ইনাক-খুনবা মীওইনা লাইরবনু ওপ্পগী ঈকাইবা পীহুনদা লৈ, মসিথক্তং ওপ্পনগী তম্নকমালে, নুংশিবস্তু ওম্মী হায়বা অসিমদি তম্নক্তমালে। তমশিনবা দরকাররনি। মতম অহুদা অহুবু লাক্নুনা খোঙ-খুং কোল্লগনু।"

মসিগী পাউখুম পীবদা মো য়াইমনা হাইকেত্তং নোককং ওৌয়গা হায়রকই, "নত্তে ইচে, মহুগী কীনিংঙাই নত্তোদ্দা লৈংল্লোই।"

## অষ্টম

ঈচেলনা রৈশিল্লকপদা লৈবাক্টি পল কায়বা হৌরকপা মতম অহুদা মহুগী খক্তিক্তং অহু উবদা পুক্রিংদা খল্লুবা ফাওবা ওমদে মহুদি, অপনবা লৈত্তবঃ ঈচেলনা ঙাইহাকথক্তংগী মনুংদা অসিগুম্বা তমথীবা ফংলবা, অসিগুম্বা পাক-চাউরবা ঈপাক ওইল্লেকনি হায়বা।

ভশেংনা মত্তৌ অস্তুম্নমক হরিলক্ষ্মী ওইখি।

মপুরোইবগী মকমদা বিপিনবিহারী অমস্তুং মহাকী নুপীগী মায়োক্তা মহাক্তা রাকংপগী রাশিংহ্ লোইশিল্লবা মতম অহুদা মহুগী ওইরকদবা কল খল্লুবদা মহাক মশামক অকীবা পোক্লকই।

মীনম্বা রা ঙাংবা মহাকী স্বভাবস্তু নত্তে, হায়রুবদস্তু মহাকী শিক্ষা অমস্তুং মর্য্যাদাদা শোরকই, মহুগী অয়াম্বা শরুকমক

অচুম্বা নত্তে, মহ্‌ মতাক মশামক্ত্রন্‌ খঙজবা ঙম্মী। অহুম ওইনমক মহুগী লম্মী থিংলুবন্‌ মহাকী শক্তিগী বাংবদনি, মসিন্‌ খঙবদা হরিলক্ষ্মীগী চিথবা লৈখিদ্রে।

তুপ্পগী রাকম অমা মহাক্না তাংদাংনা অহুক হাক্না খঙদবা অহুদি মহাকী মপুরোইবগী স্বভাবনি। মহাক ভমথীবা অহুক, ফজন্না লমন থুমদা হৈ-শিংই অমত্তুং অহ্যামক হিংমাদা হিংচা-য়াইতহগুম্মী। ওং-নৈবগী ঙমখৈ কদায়দা লৈবগে হায়বা অহু মহাক্না খঙদবগুম্মী।

ঙসিদি শিবচরণ চোং-কদ্রে, লোইনমক তারগা তুপ্পদগী হায়রকই, "থা থরা লৈরগা য়েংউ। চহি ওন্নোই, মসি অশেংবনি।"

ঊকাইথা নংবা অমত্তুং রাগ্নোবগী মৈচাক্না হরিলক্ষ্মীগী থম্মোয় চাক্লি; বিপিনবিহারীগী কুপীবু চপ চানা দগি ফংহনবা মহাক্না অত্তিক চানা পাম্মী।

অহুবু শিবচরণ মপালদা খোকপ্পবদা মহাকী অচম্বা রাহৈ থরা অহু হন্না হন্না মপুক্লিংদা নিংশিংলক্লবদা হরিলক্ষ্মীগী থম্মোয়দা অপেনবা অমুক ফংখিদ্রে। কদায়দনো করিনো অমা অশোয়বা লৈবা মত্তৌ অহুমুক মহাকী থম্মোয়দা শিংকোক নিংকোক লাউরকই।

সুমিং কয়ানিরোমগী মতুংদা করিনো রাকম অমদা হরিলক্ষ্মীনা য়াইথোং মকা লাম্না মপুরোইবদা হংলকই, "মথোয়গী মরিদা করিগুম্বা থরা তৌরিব্রা?"

"কনাগী মরিদা ?"

হরিলক্ষ্মীনা হায়রকই, "ইনাও-ই বুংঙো বিপিনবিহারী ঘোষগী মরিদা ?"

শিবচরণনা হৈনিংদনা হায়রকই, "করিবু তৌগনি, অদুগা করিদু তৌরকরা ওবগদগে ? ঐদি অচম্বা খাঁনিদনা !"

হরিলক্ষ্মীনা মপুক্কিং লাংতকুনা হায়রকই, "হায়বিরিবা অসিগী অর্থদি ?"

শিবচরণনা হায়রকই, "মৌ য়াইমনা হায় হায়রক্তা করিনো, তোলক অসিদি অ'জ্ঞাতলগী অমুক নত্রে—ইংরাজ গোভর্নমেন্টকীনি।"

হরিলক্ষ্মীনা হায়রকই, "অদুম্না হায়রনে ? অদুবু কৈ—"

"করি করিবনো ?"

হরিলক্ষ্মীনা হাইফেং চিংনবা উৎতুনা হায়রকই, "অদুবু মৌ য়াইমদি অহণ্ডুম্বা য়ংজাও চাংগন্দবনি। শাথীবা চালাকিদনা ! মী অয়াম্না অমুক তেনগংনস্র ত্তমশিল্লকপা ওইরম্বা য়াই।"

শিবচরণনা হায়রকই, "তক্লিংহাই ওইদে। অদুদি ওইরগা য়াহ্ ঐ ইশাগী ইনাকোংমক্তা ভায়কখিবনি।"

অদুম ওইনমক মতম অদুগী ওইনা মপুরোইবগী মপুক্কিং পেলহল্লবগীদমক মহাক্তা করিগুম্বা মওং অমদা হায়রকই, "হায়বিয়ুদো, অদুক 'হাক্তা নাপল কাজবা শাম্নিবা ? ঐহোন্দবুদি মানা হাবনিংবা হায়গে হায়জসনু. অদুবু মতৈ-ইবুংঙোনি হায়দুনা নহোন্দদি সম্মান অমা থম্বা চুমনি।"

শিবচরণনা হায়রকই, "হিন্দুগী ইমুংশিংদদি মরাম্না অসিমক থম্লরিবনি। লাইরিক হৈবা হিম্না হৈবা পুথী-মহানিদনা! অহুদি ওইরগা নঙোন্দা ঈকাইবা পীরবদি কনাস্থ হিংনিংঙাই লৈতে। ওফিসতা থবক থম্না লৈহৌই, ঐ চংলুহিগে।"

অসি হায়রম্লগা শিবচরণ মপালদা থোকখ্রে।

রাকম অহু করিনো মওং অমা তৌহুনা থংদোকপা হরিলক্ষ্মীনা পাম্লম্মী, মহু ওইখ্রে, থোইদোক্লহুম ওন্না থোকখ্রে।

মপুম্নোইবা চংখ্রবদা মহাক্না মসিমক হন্না হন্না মপুক্লিংদা থম্লকই।

জমিদারি ওফিসত্তা চংলগা শিবচরণনা বিপিনবিহারীবু কৌহল্লুরগা হায়রকই, "চহি তরুক-তরেংতগী কোম নঙোন্দা কয়ারক হন্না হায়খ্রিবনি বিপিন, নহাক্কী মঙোলদহু কোংদোকখ্রো হায়না, ভুক্ষম কাদা ঐ অমুক নৈশিন্দুনা লৈবা ঙমদ্রে, রাকম অহু নহাক্না ননাদা হাপ্লরোই হায়না তশেংনা লেপ্লত্রা?"

বিপিনবিহারীনা ঙকপনা থম থেংহুনা হায়রকই, "কদায়, ঐদি অমুক্না তাখিত্রিনা তাচৌ?"

শিবচরণনা চেনা পন্দনা হায়রকই, "থোইদোক্লহুম তম্নারক তপ্রবনি ঐ ইশামক্না নঙোন্দা হায়খিবা। নহাক্কী নিংশিংবগী শক্তি মাংখিবা থোক্লবদি অকায়বা লৈতে, অহুবু অহুক চাউবা

অফিদ রিবু শাসন তৌরিবা মহাক অহুগী না কাউথোক্লবদি য়াখরোই। মহু ওইনিংবা ওইরসনু, নহাক্কীসু নশানা য়াখল নৈকম থোকই মহুদি, মীগী লমদা নশাগী ষঙ্গোল থমজিনবা ঙমিং কয়ানিবু য়াগনগে? হয়েংমক মত্ত হোংদোকখো। অমুক হন্না চায়নবা খু দাংচারে'ইদৌরি, অহুমা নচোম্দা অরোইবা ওইনা চায়রিগসিনি।"

বিপিনবিহারীগী মচিন্দগী করিঙ্গুম্না না অমত্তা হায়দোকপা ঙমদ্রে, ইথত্ত খত্তহোদনা হায়রক্লিবা য়াম্না ঙক্লিংঙাই ওইরবা রাকম অসিগী মাংদা মহাক ওশেংনা ভূত চুবগুমদ্রে।

মহাকী মপা-মপু হাক্কক্কগী ষঙ্গো'ল অহু মহাক্না মখোয় মশাগীনি হ'য়না থঙজরক্লিবনি, মহু অত্তোপ্পগী. অমুক চাউবা মীনম্না রাকম অসিদা মহাক্না অমত্তা যেংলুবা ফাওবা ঙমদ্রে, ভুম্মিম্না মমুমদা হল্লক্লে।

মহাকী মুপীনা মরম পুম্নমক তারগা হায়রকই, "অহুবু গোভর্নমেন্টকী কোর্ট হায়বদি নৈরিদনা!"

বিপিন ভুম্মিম্না নৈ।

মহাক ফনা ফবা মীশু ওইসনু, রাকম অসিদি মহাক থত্তই, ইংরাজ গোভর্নমেন্টকী কোর্টকা চাউরবা খোঙজাও ফনা লাওনা হাংহুনশু নৈসনু, লাইরবনা চংননবা লক্ষ্মী খজিকশু নৈত্তে।

ওইরিবশু মহুমক্লি।

মথংগী সুমিংডা বাবুচৌবগী মী লাক্লগা চেকপল অমম্বুং মল্লবা যঙ্গোল থুগায়রগা শাংবা খোপচিল্লরে।

বিপিনবিহারীনা থাবাদা চংডুনা তাকল্লুরে।

অদুবু অঙকপদি অসিনি মদুদি, শিবচরণগী অমনবা চেকপল থুগায়রগা নোনা চেক চরশিন্দুনা চেকপল খাব লোইহনবা মতম অদু কাওবা কোকয়েং অঙাংবা অমা কাওবা মদুগী মনাক নকুখিদ্রে।

বিপিনবিহারীগী মুখীনা খুজি ঝাঙ্গোক্লগা কোটিঙা য় কংল্লুরে, অদুবু মদুদা খুজিদমক মাংজদ্রে, কয়িম্ব অমুক কায়বা ফংদ্রে।

বিপিনবিহারীগী মনে খোকপী য়াইকনব খবর অমনা খুদোংথীবা অসিদা হরিলক্ষ্মীগী মনাক্তা চংল্লুরগা বিপিনগী মুখদা পাউতাক পীরম্ব; মদুদা মহাক্না অম্মুম্ব পাউখুম পীখি হায়রবা করিনো, কৈগী মমাংদ খুং লোয়র্না লেপ্পুবগী করি কায়খিগদগে ইমা-বেম্বা? খরায় মাংবা তারবদ লিংতুনা হিঙ্গদবা লৈতে, গুপ্লগী ঈকাইবা নংবদমক হেল্লা ফংননবনি।

রাফম অসি হরিল.গী মনাকোং য়ৌরবদা মহাক তুম্মিদা লৈখি, অদুবু পাউখুম অমঙা কাওবা পীননবা কোংনকুবা তৌখিদে।

নোংচুপ্পুগী শলকপদগী মহাকী হকচাং করিগুম্বা মুমিগুম্ব মপুং কানা মুংঙাইবা লৈতে, খোদোক অসিগী থা অমরোমগী মপুংদা মহাক অমুক হল্লা নারকই।

মতম খরা থুঙ্গংদা অহুম লায়েংই, অহুবু ফল ফংজে, মতম অহুদা ডাক্তরগী পাউতাক মতুংইন্না মহাক অমুক হন্না মীয়ৈবাক্তা চংনববা শেম-শাবা তাখি।

থবক কয়া চিনবনা হন্দক্কি শিবচরণ মহাক্তা লোয়নহনা চংপা ঙমদে, মথুঙ্গ'দা অহুম লৈরোরে।

চংলমদ'য় মকমদা মহাক্কু' মপুরোইবদা রা অমা হায়রম্লিংবনা খাংঙম্লমদে, অহুবু মচিন কা'হনা করিঙ্গুম্না মঙংদম্ভ মহাক্তা লুপা অসিগী মমা'দা রাকন অহ কাংথে কপা ঙমখিদে।

মহ'ক্কু হন্দুনা' থল্লম্ম, মসি লায়রকবা অরেম্বনি; মসিগী অর্থ মহাক্কু' থগলে'ই।

## মারি

হরিলক্ষ্মীগী লৈনা চেল্লবা হবচং মপুং ফানা ফবদা হন্দক্কি মতম খর' শাংনা চংখ্রে।

চাউরাক্লা চহি অমা হেল্লবা মতুংদা মহাক বেলপুরদা হল্লকখি।

জমিদ'রগী অচানবী মুপীনি হায়হনা নত্তে, মহাক্কি অহুক চাউবা ইমুংগী যুথ্থু:রনবীনি। লৈকাইগী লুপীশিংনা কাংবু কাংবু হৌনহনা লাকই, চহিদা অহল ওইবা মহাক অহনা আশীর্ব্বাদ তৌই, চহিদা অঙাং ওইবা অহনা খুয়া-উফুল লৌই।

লাক্তবদি বিপিনগী সুপীদমি।

মহাক লাক্লরোই, হরিলক্ষ্মীনা মহু খঙলম্মী।

চহি অসিমগী মনুংদা মখোয় কমদৌনা লৈবগে, ফৌজদারী কেশ কয়া মখোয়গী মায়োক্তা ভৌথিবা অতুগী ফল করি ওই গ্রবগে, অসিগুম্বা পাউ পুম্নমক অদু মহাক্তা কনাগী মফমদগীসু তাক্লনবা হোৎনক্লদে।

শিবচরণ করিগুম্বা মতমদনা ময়ুমদা লৈ, করিগুম্বদনা নোংচুপ্তা মাগী সুপীগী মনাক্তা চংতুনা লৈক্লই।

অদুম ওইনমক নোংমতসু হরিলক্ষ্মীনা মপুরোইবদা মখোয়গী য়া হংলুদে। হংলুপদবা মহাক হঙ্গোইবগুম তৌরম্মী।

মহাক্তা মপুক্লিংদা খল্লম্মী, অদুক কুইবদু ওইনিংবা ওইজরবসু য়ানবা অমা পুয়ক্লম্নগনি, মপুরোইবগী অশাউবদু হন্থরম্বা য়াই— হংদোক-হংজিন তৌক্লবদা অমুক হায়গী অশোকপা মকম অদুদা থুম থাকপা ওইনা থোকখিগদ্রা ঙায়না চিংনবা অসিনা মহাক্তা মতৌ অস্থুম্না ভাব অমা উংতুনা রম্মী, করিসু লৈতবা য়াকম অদু মহাক্তা অমুক নিংশিংগ্রবগুম্মী।

অসোমদা শিবচরণ মশানসু করিগুম্বা খুমিত্তসু বিপিনবিহারীগী ইমুং-মনুংগী মরমদা পনখিদে। সুপীবু ঈকাইবা পীবগী য়াকম মহাক কাউবা লৈতে, থোইদোক্লদুম মাগী সুপী লৈতবা মতমদা মতিক চানা শিনগ্রবনি, য়াকম অদু মহাক্তা হরিলক্ষ্মীগী মকমদা লোৎচায়না থয়ম্মী।

মহাক্না পাম্লক্সী, লক্ষ্মীনা মূমদা হল্লকপা মমিংথক্না পূম্লমক উবদা হল্লাওবগা লোয়ননা ডকপনা থম থেংনগনি।

মতম থেংজিনক্লিকৈগী মমাংদা শিবচরণগী মনেনা চম্লা চম্লা মুংশিনা তক্লবদগী হরিলক্ষ্মী ঔকুজক্লহনা লাক্লবদা মহাক্না মুংঙাইতবা উংতুনা হায়রকই, "নহাকী নপাহ্নু শোন্দম-নাদগ্নি ইবেম্মা, মথাদা কুমথক্লহনা কাম্নদে, মকন্দ সিদম্বুম চাকচাকিম শা মহন্দুনা চাক পুথংলক্লসম্নু।"

লক্ষ্মীনা মানিংদহুনা নোক্কুনা হায়রকই, "হকচাং হাম্নগুব করে ইমা, ঐ চাকশঙদা চংতুনা চাকবা ওমগনি, মথক্তা পুথংহল্লকপগী কাম্নবা লৈতে। চংসি, মথাদা কুমথগ্রসি।"

শিবচরণগী মনেনা শিবচরণগী অথিংবা লৈ হায়বা [illegible] অমম্বুং মহাকমকী মাথং মতুং ইগ্না মীনাই মুপীনা কা মহুংগী লৈমায়দা চাকচাকিদা থাহনা চাকচাকম শেম্লগা চংথ্রে।

থংনবা মিংকুপ্তা চাকথোংবীনা চাক-ইহাং পুহুনা মথক্তা কাথংলকই।

মহাক চংগ্রবদা হরিলক্ষ্মীনা চাকচাকিফাদা কম্লগা হংলকই, "চাকথোংবীদো কনানো ইমা? হাগ্নদি থক উথিদেনা?"

শিবচরণগী মনেনা নোক্কুনা হায়রকই, "থওবা ওমগ্রবোইরে ইবেম্মা, মহাক ঐথোয়গী বিপিনগী মুপীহনি।"

হরিলক্ষ্মী চপ মুংনা কমহুনা লৈখ্রে।

মহাক্না মপুক্কিংদা খঙজবা ঙম্নে, মহাকপু ঙকহন্নবগীদমক অহুক হাক্না লৌভুনহুনা মতৌ অস্থুম্না লোংচান্নহুনা থনম্নিবনি। ভাইহাকী মন্নুংদা মশাবু কাথজরগ৷ মহাক্না খঙলিংবা মিংম্নেংনা হন্নুবীহুগী মাইথোংদা য়েংলকই।

শিবচরণগী মনেনা হ য়রকই, "বিপিন শিপ্রে হায়রবা ভাররিরৈনিনে?"

লক্ষ্মীনা ভাখিক্রি করিমত্তা. অংনু হৌজিক্কা চ'ক পুরক্কুনা থনম্নগা চংখি, মহাক অহ্ নুপ্রা'ব নি হায়ব৷ উবদনা খঙম্রবনি।

মহাক্না মঙক নোমহুনা হায়রবই, "হোয়।"

শিবচরণগী মনেনা লেমহৌরিবা থোদোক্কু হম্নগা হায়রকই, "মখোয়গী থরা লৈজরস্বহ কেশ শেংকুবদা পুম্নমক মা হলম্নগা বিপিন শিপ্রে। শেন্দোল শিংবদা গুমহ্ ফাওবা চংলম্নগদবনি। ঐখোয়মক্কা পাউতাক পীখিক্রিবনি, মো মাইমা চহি অনি শু-নোমহুনা শিংউ, নঙগী পিক্রিব নচানুপাহুগী মকোক থুপযমদদি কল্লু।"

হরিলক্ষ্মী মাইথোং ভাইফেং ত'ইনা মমিং কুপ্তুন৷ মনা-মনিল নাইদনা য়েংহুনা লৈ।

শিবচরণগী মনেনা খঙহৌদনা থোঞ্জেল পিকথনা হায়রকই, "অহুম ওইনমক ঐনা নো'মা মকুমদা কৌশিল্লগা হায়খিবনি, মো মাইমা, হৌপ্রবদি হৌ প্র, কৌজিক পু-লংহুনা করিনো অমা ভৌরগবু ওইরবস্থু কাশী চংলগা মো অহলগী মথোঙদা ভুজক্কুচো। নচাণুপাহু মঙোন্দা শিন্নহুনা হায়জক্কু, ইচে, ম'ই দি করিগুম্ব? দোষ অমত্তা লৈতে, মানু কনবিয়ু—"

বাশি·সি ভস্বদা শিবচরণগী মনেগী মমিত্তা পীনা থুমহংলক্লে, মফি ফিজিন' তৈথোক্লগা হায়রকই, "অদুবু মহাক মক্ল লুক্তুনা মমিং উইশিন্দুনা ফমহুনা লৈ, হোয়-মাই পাউথুম অমা ফাওবা পীদে।"

হরিলক্ষ্মীনা খঙলে, মসিগী দোস পুন্নমক্তুনা মাগী মকোক্তা নম্নরগনি। মহাক্কী মমিত্তা চাক হু ওন্নবনি অমস্তুং চথোম অমা ফ'ওবা য়োংশিনবা ঙমদ্রে।

শিবচরণগী মনে থবক অমগীদমক মপালদা ভাইহাক্তুং চংথোককুই, মহাক্না হন্নকপদা চাক-ইস্পাংগী ফিভম উবদা থকংদ্রে। কৌরকই. "হাই মো যাইম ! মো যাইমা !"

বিপিনগী মূর্পিনা থোঙজিন মপালদা লেপ্লবমক্তদা মহাক্না চৈ-থাংবা কৌরকই। মহাক্কী মিংকুপ থরগী মমাংদা মীপুংশি উ·লপ্পা মিংনা কুপ্পদা কমদোহুনবো মাংদ্রে।

মহ'ক্না খোক্লেল য়'ক্না হায়রকই, "অস্তুক হাক্না খোশাদনা থবক ভৌরবদি য়াররোই, মো মাইমা। মো অহল চাক মক্ল অমা ফাওবা য়োংপা য়াদ্রে, অস্তুম্না খোংলিবা?"

চৈ-থাংলিবা অহুগী করিঙুপ্পা ·পাউথুম অমত্তা কাহুগী মপালদগী পীরক্তে, অদুবু অতোপ্পবু ঈকাইবা পীবগী পোংলুম্না ঈকাই'পা অম'দ মৈচাক্না ইমুংদা হরিলক্ষ্মী মক্ল লুকথদ্রে।

শিবচরণগী মনেহুনা অমুক হায়রকই, "মীনাই ওইবা চাক্লগা পোং-চৈ মাংহন্নবদি য়াররোই ইথেম্মা, মী অতৈনা তৌরিবা অহুন্নমক নঙস্থ তৌগদবনি, মহু হায়বিহৌরিবসিনি।"

বিপিনগী মূপীনা হন্নক্তি তপ্না তপ্না থুম্নকই, "ময়ায়-হকচাং য়াউনা মহুমক হোংনজরিবনি, ঙসিদি করিযো মঙং অয়া ওইগে।"

অসি হায়রম্লগা মহাক চংশ্রবদা হরিলক্ষ্মীনা হৌগংলকপদা মনেহ্না মুংঙাইতনা শোল্লকই।

লক্ষ্মীনা খোল্লেল পিক্না হায়রকই, "করিগী বাখিরিবনো ইমা, ঐগী হকচাং মুংঙাইতহ্না চাশিনবা য়াফ্রবনি,— মৌ য়াইমনা খোংবদা শোয়বা নম্লে।"

মচিন-মখা ভেংলুরগা চংলক্নুনা মশাগী চিক্লবা কা মনু'দা লৈবদা হরিলক্ষ্মী শোর ফুনগংলক্লে।

মথল পুম্নমক্তা ইকাইবা নংবা থাংহনম্নু বিপিনগী মূপী মসিগী মতুংদম্নু থীনাই ওইহ্না লৈবা ঙম্নবা য়াই, অদুবু ঙসিগী থৌওং অসিগী মতুংদা য়ুম্নরেববীগী মথৌ তৌহ্না মহাক মতৌ কমদৌনা মতম লেবগদগে?

মৌ য়াইমগীদি অদুম ওইনমক মপুক্লিং কাবজনবা পাগে অমদি লেমহৌরি,— মহু মরাল লৈতনা অরাবা থাংবগীনি, অদুবু মহাক মশাগীদি কদায়দা অরেমথাক করি লৈরমখিগনি!

অহিংদা মপুম্নোইবগা বা তাংনখিত্রা, হরিলক্ষ্মীনা হয়া য়েংলুবা কাওবা ঙমদ্রে।

ঙসি মতাকী মচিন্নগী থোকখিবা বাহৈ অমত্তংদা বিপিনগী মূপীগী অরাবা কোকহল্লবা য়াবনি, অদুবু উপায় লৈত্রবী মূপী অমগী মক্মদা মূপা ওইবনা অদুক কনবা লমন থুহা ঙম্নিবা,

তাক্তৰ লাক্লবদা মহাকপু থোংজিন্দগী বিদায় তৌহুনা হৰিলক্ষ্মীনা হায়ৰকই, "অদোমদি খঙবিৰিবহুনি, অদোমগী হিদাক্কা ঐতোন্দা কাম্বা কৰিস্থ কংহন্দে হায়বা,— অদোম লেংখিয়ো।"

শিবচৰণনা চংলক্লগা বাহং কয়া হংলৈ, অহুবু বা অমত্তৌসু পাউথুম কংদে।

অমূকস্থ সুমিং নিনি-হুম্নি মতৌ অন্দুম্না লেনক্লে, মত অহদা য়ুমগী মী পুম্নমক মকম-মৱাং খঙদবা চিংনবনা মীপাইনক্লে।

সুমিং অহগী চাউৰক্কা সুমিং য়ুংবা মচুংদা হৰিলক্ষ্মী ঈরুবকম কাদগী থোৰক্লগা বা-লাং ঙাংদনা নাশোম পিক্কা মথোঙ থাংহুনা ঙৱাং মচি অমদা চংলি, শিবচৰণগী মনেনা চাকশঙগী মাঙ্গোংলদগী উৰহুনা লাউহুনা হায়ৰকই, "য়েংলো লাও মৌ অহল, মৌ য়াইমগী থৌদৌসি! —এঃ মৌ য়াইমা, মবৈথংদা হৱানবা হৌৰক্লত্রা?"

হৰিলক্ষ্মী মনাক্তা চংশিন্দুনা লেপ্লৰে।

মৌ য়াইমা ?লমায় 'থক্তা চঙক্লনা মাইথোং লুকচায়না কম্নি, মমাংদা চাক-লুক অমা ছানানা কুপহুনা লৈ।

মনেনা হায়ৰকই, "নহাক হায়মুদো মৌ অহল, অসুক য়াম্বা চাক-ইহাংসিবু মী অমনা চাবা ঙমগত্রা? মমুবনা হেক হেক পুৰিবনি মচাখুপাহুদা পীজননবা; অহুম ওইনমক হম্না হম্না থিংপ্লবমি। শিবচৰণগী মনাকোং য়ৌখিবা থোক্লবদি অমুক হিংনিংঙাই লৈত্রবনি— লুপম পায়হুনা তাহোকপিৰবগদবনি। মৌ অহল, নহাক্তি য়ুমগী মপুনি, নহাক্কা মসিগী বিচাৰ তৌ।"

অসি হায়রগা মনেম্ব মথৌদাং অমা পাংথোক্লম্বনা শোর হোন্দোকপা কংবগুমল্রে।

মহাক্না লাউ-খোংবম্বদা য়ুমগী মীশিং, মীনাই মূপী-মূপাশিং লৈরম লৈরম্বা মকমদগী কুপৈ য়েক্লদবগী ভয়া চেমর কুনা লেপ্লরে, অম্বপা মথোয়না কোইশিল্লিবম্বগী ময়াইদা অসোমগী য়ুমগী মৌ মাইমা অমম্বুং য়ুমসিগী য়ুম্বুরেনবী কম্রি।

অম্বক পিকপা কবিন্দ্র লৈতবা বাকমম্বু অম্বক চাউনা কজদবা বাথোক ওইহনবা ভমগনি হায়বা হরিলক্ষ্মীনা মমঙদা কাওবা থনভমদে।

বাকং অম্বগী পাউথুম কব্রি হায়না পীগনি, ঈকাইবা হঙ্গোইবা বায়্নৌবনা মহাক মমাই মোনথংচবা কাওবা ভমল্লে।

ঈকাইব্রিবসি অতোপ্পগীদমক নত্তে, মহাক মশাগীদমক্তনি।

মহাকী মমিত্তগী পীরাং শিম্বরক্লি, মপুক্লিংদা অম্বয়া থল্লকই, অম্বুক মাম্বা মীয়ামগী মমাংদা মশামকপু হয়ানবা কাবগুম অমম্বুং বিপিনগী মৌ অসিমক্না মম্বগী বিচার তৌগদবগী কম্বগুম।

মিনিট অম্বম-মব্রি মতৌ অম্বুয়মক লৈরগা থঙহৌদনা মায়া কয়া হোংনম্বনা মশাবু কাথজরগা হায়রকই, "ইমা, নথোয় লোইনমক কা অসিদগী থোকপিল্রো।"

মহাকী ইঙ্গিত অসিদা ময়াম পুম্নমক চংলবদা হরিলক্ষ্মীনা তপ্পা তপ্না মৌ মাইমগী মনাক্তা চংশিন্নকুনা কম্মরে; মথুংনা মাগী মমাই থাঙ্গংভুনা য়েংলকই, মহাকী [illegible] পী [illegible]।

হরিলক্ষ্মীনা হায়রকই, "মৌ মাইমা, ঐ নহাকী নচোনি।" অসি হায়রগা মহাক্না মৌ মাইমগী খপী [illegible]থোকপিরে।

লোইরবা



# শরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী

## রজুমণিনা হন্দোকপা লাইরিকশিং